# উমং লাই খুন্দা

অল মণিপুর উমং লাই হরাওবা কমিটিগী
থা ৩/৩গী উমং লাই অমসুং মৈতৈ
ইনাংকী ওইবা চেফোং




সম্পাদক— খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ
"পণ্ডিত" "ষেলো" "সাহিত্য শিরোমনি" পারদত" "শিক্ষা
কলা প্রবীন" শিক্ষা পারদত" জ্যোতিষ
"রত্নাকর" "ট্রেণ্ড রাইটর"

২বা চহি — মশীং
Regd No D/C(e)10/60/J/78. — ৭/৮শুবা
মমল—লুপা ৩·০০

# হিরম লমাই



সম্পাদকীয়ঃ— উমং লাইগী মথল

# সম্পাদকীয়ঃ— উমং লাইগী মখল

মৈতৈ লৈবাক্তা লাৎনরিনা উমং লাইশিং অসিবু চাওরাক্ত মখল মতা থোরা খায়দোকপা য়াই। ১। মৈতৈ চনুশিংনা ওনখিবা লাই-শিং মখুদি:— ১। কোন্থোজম লাইরেম্মা ২। শরাংথেম লাইরেম্মা ৩। লৈশাংথেম লাইরেম্মা ৪। কোজেংবম লাইরেম্মা ৫। লাই-রেঙম লাইরেম্মা ৬। খোইমোম লাইরেম্মা অসিনচিংবা।

২। নিংথৌশিংনা ওনখিবা (মৌনা ও-খিনবা) উমংলাইশিং ১। তবুং নিংথৌ, ক্যামগৈ খাগেম্বা ৩। খুম্বোবা ৪। খুজাওবা ৫। পাখংবা অসিনচিংবা।

৩। মপান্দগী লাকপ হিন্দুগী লাইশিংনা ওনখিব উমংলাই-শিং:— ১। রামজী নিংথৌ (খিপুঙৈ) মসি অর্যোধ্যাগী নিংথৌরেল শ্রীরামচন্দ্রনা ওনখিবনি। রামগী সংধর্মিনী সীতানা লৈবাক লৈমা কৌদুনা লাইরেম্বী ওইখি ২। রাংজিং নিংথৌ; কৈ মকোক অহুম পানবা হায়বদি অশোক চক্রগী মমাং অহুম পানবা অতুগুম্বা শা: অতুগী মথক্তা মী মকোক অমা পানবা অহুবু কাইরেন মিকোক কৌই। মসি শেন্না শাবা মুর্তিনি। ৩। পোইরৈতোন (লৈপুং খোং-জারেলগী মনাওনুপা পোইরৈতোন খুণ্ডকপা হায়না খঙনবা অহুবুনি) অসিনচিংবা।

৪। চানা লাইহুইঃ- (লাইশিংগী চানা নাওদা):— অতিয়া শিদবা ২। খাংজিং ৩। গুরুনোংশাবা ৪। স্নামগী ৫। পাখংবা ৬। লৈমরেল ৭। য়ুমজাও লাইরেম্মা অসিনচিংবনি।

৫। লৈবুং লাই:— উমং লাইগী মনুংদি চল্লপা খুভমদি লৈবা লাইশঙনচিংবা লৈতবা মখলগী লাইশিংবু লৈবুং লাই হায়না কৌই। ১। চাখাবা (খাগৈম্বন্দ) ২। লাঙোল নিংথৌ (লাঙেল) অসি-চিংবনি

---



# লম্মিং-লোন

অহানবা পন্দুপ

—:(0):—

## লাঙ্গোল চীংগোইলোন

হয়ি হায়রাবে বে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ সিদববু থুরুম্না. লাঙ্গোল চীংগোইলোনবু শৈথিজরকে! থমুং পুরারী অরুববু শৈদয়্র'ক্ক। পুন্সি মথোই তোংনবা তান্থোঙ ময়ুং কুইনবা, লেমথোঙ মফৈ পারুবা থারম অরিববু হায়রকে।

হাওবৈ লৈনা পাংবলম অরাং কৌবা চীংপুমসিবু মথৈ কংনা তেংথারকে। চী'লেল থুংলামথাম অমম লৈশালোক, মঙম রাংবা চীংবু লৈএ। তুপুনা শেম্বাচীং, লমপুনা তাওবাচীং, য়ুহানা হাদবা-চীং, য়ুচেংনা নীঙ্কবাচীংবু শৈথিরকে। খো'য়ুম লাই পাখং তরেংমা, খোইমোম লাই মুরা তরেংমাকা হাম্না শেম্বাচীং পাচীংনে। মুরালোক লোনকোল ঙাংচেং মম্বী লেক্লে, ঙাংচেং মম্বী লোকও কৌবদি কদৌ নোংগীনো! তমফা রাঙময়োন পাম্নোইবীনা মচু লাই পাখং তরেংকা, খোয়নৌ মতারোয় লাই মুরা তরেংমকা, থাবা মরানম্নায়দা ময়াংগোই হায়থগী লোম্না লোম্না ঙাঙনরমএ; অচু নোংগীবু ঙাঙনমম্বী লোকও তৌনা কৌএ। মুরা লোক্লেলকোন ঙাংচেং মম্বী লোক্লে। খোয়ুম লাইয়িংথৌ মুরা নিংথৌ অতোনবা মচীংলেলনে। হাওকপ মনিল মাইনা, চীংসোং ললহাংদনা পাল্লমএ; অচু নোংগীবু হাওকপ পাতা কৈরাংলম্বু তৌনা কৌএ!

য়োয়ময়ায় তাওদনবা মাৱা মপাও চীংনে। খোয়ুম লাইমিংথৌ কৌবরেল অচিবা সোংলেল লানথাব', খোঙনাং ফময়াম্ববা ময়াং লাইচীং ফম্ব', লোয়ম্বা লাকপা খোংঙ্গেনথোবা ৱাইনেনখুল খুলখঙ ঙম্বা, হুইয়েন কুইবুমুফাব, তথেল নাকচিন ফম্বনা; য়োৎকী থোংনা লমকনবচীং; চীঙু কৌবচীং খোঙনাং কৌবচীং, অৱাং কৌবচীং, নোংপোক কৌবচীংনে। লুরাই কোইরেলথক্তা মানা মানা কৌনা কৌনা লেহৌ কৌববু; চীঙু মঙাইরেম খোয়ুম মহিসাংবু, লাইজ তৱংথক্তা কৌবরেল মচা অহনবা চীংনে। চীংঙু অৱাং কৌবদি, মোংবা মাগী য়ুমঙাংসঙ সঙগায় মকোন্দৈলেনে কায়দবরা। কৌবা মদায়মদি ঙাঙোই য়োইমোংবনা মোংবা য়ুমজাও সাঙৈদা তলা: উংরেপ ঙাইনবা. অশে খোনফাং লে নাতিন, অমাই লাকলৌসিন্না কোঙয়াঙ সোয়নি ৱানে। কৌবা মদায়মদি – খুনফম পঙনদবা ঙাংচেং তানদবা, থাঙও হনিন নাইবা চৌখান্দনা পানবচীং। নোংবান মনিন নাইবচীং ঙাংচেং চীংপুনাসবু তেংথ'ৱক্কে।

কৌব চীংলেল নাপোমম্মুং তৱামাথোই মুবা চীংনে। অৱাং ঈপোম লাইচম্মস্ং তৱ িথে ই স্রবাচী; কৌবা মদায়মদি থাঙঙা উৱান চীংও কৌবদি কদৌনোংগীনে! থাঙঙা অমুকোয় কম্বোং অঙৌকোইনা কোইবচীং। লাইরেল তাওরোয়নাইবু ময়ুম থাঙঙা থেনপুঙথক্তা তেলাকাংলংমৈ থাঙঙা উপুনসীনা মরু নাইবৱু; ময়ুম থাঙঙা ননিন নাইনববু তেলাকাংলমৈবু থাচীক্লবগীদমক, পাখং য়েমলোয় হৌ. মুৱা য়ুমতাংসাংনা পোইমৌ হয়া লাওনা য়ানথেক্লববু; অৱাং লৈনা পাংনা পামেন উরুং উৱা য়াওনা পাইখিরে। থাঙঙা উনা লানখিরে, অহুনোংগীবু থাঙঙা উলানচীংও তৌনা কৌএ। পামেন উখাঙমদা শীংচঙ মখুৎমুমুং খাংনা লানখিরে শীংচঙ হাইবীলানও তৌনা কৌএ। তুবী অঙনবা লাইরেল অরেম্বনা করম লানখিবনো, অহু নোংগীবু খোইয়ুম লানচীংও তৌনা কৌএ।

-- য়োটয়েল থাবী লেংমাতিন, অমাই মাক্রৌসিন অশৈথোনকাং লেংমাক্তিম লাংলেল কোংয়াং বাম্‌চীংনে। মরোঙ লাংকপ মাপম ফাংববু লেংলা থোংনা পুনসি লৈনি য়ানে। কোবা মদায়মদি মৈদিংঙু লাওখিংখোংনা মেলা চেনচনবৈ অতাই ঈয়াংনোংদা; লাংলেল কোং-য়াং য়ামি য়ানে। ভুবী ইনভাইরা লাইরেল থাবী য়ানে।

কোবা ঈলোক লাচম্মদি — মৈদিংঙু লাইরেল উয়াকোনপোবনা য়াংলৌ লমক ভাইবৈদা ভুবী শমচেৎ য়ানে। কোবা চীংলেল নাপোম্মদি — থোংনাংনা তমথরকবৈদা, ময়াংনা কুমথরকবৈদা; লম্ম-য়োক লৈপানচানা হুয়েন লানচিংলকপবু; মৈদিংঙু লাইরেলবনা, হুইনিয়া অপোইবা লংমাইথেম্বা লুকোক য়াহোংম্বগা, য়াকচীংঙাম্ম পুঙকা লৈচাক হুয়েন লানথাম্রকএ; অদু নোংমীবু লানতান চীংবু ভোনা কোএ। কোবা মদাইমদি হুইরিয়া অপোইবনা, ময়াং কুয়িয়া কৌথবু ফারেএ, কুরিয়া লোকও কোএ।

কোব লোকসামদি— লাই পাখং ভয়েংমকা লাই পুরা ভয়েং-মকা থৌদ্র সুঙপাকথক্ত ফিবুন ভাইরম হুমখিয়ে। লাই পাখংমা হুল্লবদি লাই পুরানা ওক্লো চীংনে। লাই পুরানা হুল্লবগা, লাই পাখংনা য়ারো চীংনে চীং অনিমতি ফিবুন ভাইরন চীংনে। থৌদ্র অয়ুং চেঙচা অরেম্পনে।

কোবা মদাইমদি— অপিং কোয়ে থিংকোয়ে; লাইরেল কোকপা থিংকোয়ে; মশাবী থিংকোন কোবগা, মশানৌ লাংগেন কোবীগা, কোবা লময়েংনবৈদা, মুরা নিংথৌ অভোনবা লাংগোল কোবনা কোইজবা লয়ে। অদুনোংমীবু লাঙগোলও ভোনা কোএ। কোবা মদাইমদি ভুবী হৈয়াঙ মঙশা, লাইরেল তাওজিং মহৈ কোমগী ভুবী চাখাংবানে। অয়াং চীংসা নাপোমদি তম্ফা য়াঙয়োন পানথোইবী খোইয়ুম লাইঙই য়ানে। মমান-চা থাবভরং থোইসুচানা, থোইরোম লাইরেম্মবু ফদাইনো; চীংলেম খুংলামখাম অমিদা সনাথুম্বরা-হায়না,

খাবা তিল্লাং মখোয় সাওনা চানা থ কাথানী মস্তুংয়াইদা চম্মা মগ্নোম্‌কাথোন লাবা খুংপী যৌরচিংমা উম্ফ' রাঙ'লোনবু লানসিগবরা হায়মা ; চকমোম মথিনাই খাম্বী মরাং হৌনা হায়থিরানে।

খাবা তরং খোইমুচানা রাইবচী'নে। অয়াম লেমখোঙ পাথং-বনা খোইমোম লাইবৈম ভানখোঙ লম্মাবী লম্রেল হাওবা সিক্লেলাং-চীং, মকোই নোংলোনফাই কৈবী থাঙতুপোক, অমুখুরাং অহলবদি হোংনেমবরু তাম্মা থংল্লবীগা ; তম্বা লেমখোং লম্মাবী চীমক্রুরাইনোং-তাবী থাঙইব' চম্মু ; হাওরৈ খানা পাংবলম লানলোই চীংঙালেং খম্লাং লৌখোঙহৈবু ভাম থল্লবগা ; য়াংলৌ লমকাঙৈ ভানখোঙ লম-কুমঙৈদা হৈনা তুংখাংননা পোইরৈ সনখোং লাকয়েন কিসি ত'ইঙৈদা লোইদাম কুমসা মৈনে। লৈপুঙ পুঙমঙানগকৌবা চীংনা'মু'গা, চীংকোন ফোল্লাংচীংগা ; হাওবা সিফোল্লাংচী'গা, থাম্বী মরা'ংৌ চকমোম মথি-নাইনা খাম্বী মৈখোঙ তরুকমবু মায়খোক্রুঙৈদা ; পোইরৈ কুমশাচীং, অয়াঙ লমচেনচীংনে। নেম্বী তুম্বৌ হুম্মা চোংবা চী'নে। অয়াং লমচঙ চীংনে। ঙাবা খমচিংকোন হায়হৈবদি সানথুপচীংমে।

কৌবা মদাইমদি খাবা সোকচোনবগা ক'ওরেল মসন-চা ঙাঙবা কৈতাঙবা মচি কাওরেল পাংতাতাবা মানবী চিনমদবরু লৈকু রাই-থাসন লৈরায় রাইখংসন ক'ওরেল অত্তবু কৌবা মচী'লেলদা ইনতা-ল্লকএ। কাওরেল সনসেনবা কাওরেল মমিং খোনবদি খে'য়তোংবা কৌবনা; ঙাঙবা হল্লে ঙাঙব' হল্লো হায়না থৌখায়বরু; অনৌবা পু'ল্লেলক্কা চঙখিরে। লোইক্লেলক্কা চঙখিরে। লীচৈ ভেহোইফদে, হম্মা কোংগোই থুফদে লাংজম লীরৌ হাইফদে ; কাওরেলত্তবু সনহোই চীংনে।

চীংলেল নাপোম্মদি— খোংনাং ময়াংফানা ঙাম্মা সানথুপঙৈদা, ইয়ুম পোইরৈ মৈতৈনা পাংগল কোয়না ফারৌয়ে। অত্তনোংগীবু পাংগনখেলও কৌএ। কৌবা মদাইমদি মেলা লৈপানরানে। কেগে ঈরাংহনবা থুবাই অহোঙবা লোয়ুম হৌবাতকপনা কোংয়াং রানিকিদি

পোইরৈ লৈপান য়াদে। ল্যাংলেন কোংয়াং য়ায়েচীংনে। পোইচিঙচা য়াইকোইকপা ইরেং হোংলাইয়া কৌএ ইরং হো'লাইবাসিবু মৈতৈংঙু নাওকোওবনা ইপুম য়োরৈ লৈয় থিন থুংখাম লাই নামুংবু কোনখানয়ে। খাইয়ুম খমকোন লি'নয়ে। য়াওরৈ রা অসিবু পোইরৈ মৈনা বায়না লাইরেন নাওথিংখোংনা কুমশারানে ইরেম হোঙলাই য়ানে। য়ে ইরেল সলাই ভরেংমা লেংনা ভিমা কোয়াং য়াংনিচীংবে।

কৌবা মলাইমদি - ময়ুম থোংনাংনা য়ামখয়কউভেদা, অলোংনিং-ঙোনবা য়ু য় সিনথোঙ হাংদবী পায়মা শিলহৈলোম্বীনা মপান লাংগোই লৈরামপীজানা সানথুপলমএ; অহুনেংগীবু লাংগোই শামুথীকও কৌবা মলাইমদি— লৈমা উক্রম খাওচোনবী নিংথো ককম্বু ভোনকোনক্রমা লমকন য়ানে। কৌবা চীংলেল নাপোম্মাক্ত, কাংপু মুঙসন ভানবা ময়মথৈনে।

কৌবা মলাইমদি— পোইময়োম ল্যাইবেম্মদি থবী লেংনাও মোম্বীনা লমকনচীংনে। চীংলেল নাপোম্মক্ত— মসাবী থিংকোন কৌবনা কোইবা চীংনে। অহুগীবু চীংকোনও কৌএ। অহুস্তং মলোমদে— চীংথোঙ কোইমনাওগা সেনলোইমপাতাওগ, লুয়াং নাহা, য়াওশাতানগা লাবা খুমনবু য়াংদৌ শারম লীবদা লুয়াং নাহা য়াওশাতানবগা কৌবা ইয়োংসাবু ভিমেন মথুংস্তনা ফেল্লববু ফেমযোলে। সেল্লোই মপাভাও চীংপোই মনাওগী কৈরা মতমপাক তুরে। ঈমু ফিরাক সারে ঈঙাং কাফেমরে। পাখৌ চীংথোঙকোইমনাও! করম ভিমেন থুং য়োমবনো হায়না পাংমা কোমা কপলকএ। অহু নোংগীবু চীং-কোইশ কৌএ। ভিমেন মথুংস্তুবু কৈরা ভানপুমথোঙগী সংথোক্রবগা ঈমু ফিরাক শাববু; কৈনা য়াংমু মনা থংনা তৈরমএ। অহুগীনোংগীবু থংমা ঈভাইরো কৌএ। ঈঙাঙ কাফেমববু খামলমএ; অহুনোংগীবু কৈনা য়াংমখামও কৌএ। চীংথোঙকোইমনাওনা হমো পলেম পীগা সোমা চীংথোঙকোইমনাওনা কৌবা মচীংলেলবু হৈমু ভয়েং লাওনা কাথিএ; অহুনোংগীবু হৈমু কানাথেলও থোমথিএ।

কৌবা চীংপুনসি নমু য়ুবা চীংথোঙ পোকইরেডোন থোংঙাং অতোনবানা, মপারি নিংতোনসিহন্নবু ; থমলৈ মীখুংখোন সম্বা মীথুরোন্দগী হনৱায়রক্লবদা। মশাবী লৈমু' থোংঙাঙারেল অমবনা হুইপীথংলৈরবা য়াগীবু উসায় স্লপনা সোয়নিবা চীংনে। লাখাঙবমা স্লপ্পু খাঙনা সোয়বু থঙ-চীংনে। লৌহিংনা স্লপহি' সোয়চীংনে। উপান নাম্বুপ্পা সোয়পান চীংনে। শ'য়োম্পা স্লপয়োম্পা সোয়য়োম চীংনে। ভুবী চীংথোঙ পুয়োমচী', লাইরেল মসানকমচীংনে। থাবী অঙলেংতিন, অমাই থোংঙাং নালোমিন, সঙলেল লেংনা তিনবা অহুম্মবু পুম্মা তিম ; নোংথোন তেংমায়থিনবা হিয়াংলোই হিরুতোংবনা পুতোংশৈম্বা য়ুতোংতাওবনা, থ বম শী'স্লহনবগা লোইনাই পুগ্রনবা কাওরোং বাহনবা ভেরা নমথা'চাওবা মোল্লাং জপতাইসুংদা য়াওনবা ; পাংচা ভরা য়াভেম্বা সলাট ভরা বাভেমঙম্বগা ; ভুবী বৈরাং মউসা লাইরেল ভাওজিং মহৈকোনগী, ভরং লৈখাচা য়াংলৈঙম্বা কাওরেল সনথিনপানগা ওকক্ন ভে'স য়ুথিনবা রায়র'লেল লাকপগা কাটকারেল ভেংমায়থিনবগা, পোইরৈ সাইচু লাকপগী শর্মজম লোমচৌ চিয়া মেরা কুমশাথেয়ে। মদাটরেম্ম বনশৌনা ভুকয়ুপানথোম্বু লাইরেল চীংথোঙ ময়োকথোম্বু চরৈ নাহোংসা, পাইখু লেংহায়না মানলৌখক্তা কোম ; চীনথোম 'ময়োক'চঙ লাইরেল মীকন চীংনে। 'অমাই 'ভরা কাংথোকফম্মে ; অশৈ ভরা থিথাংফম্মে।

কৌবা মদাইমদি— মৈদিংঙু উরাকে নথোবনা সীননৌ মথোঙথেল কৌবদি পোইরৈ সিনকা ভাক্কা থোংতবিরৈ ; মৈদিংঙু উয়া কোন-থোবনা সিন্নৌ হায়া নমথোঙথেয়ে। লাংচেং থনকা থেয়ে। ভাওজিঙ হৈমা চারবন্নুং য়াকুম থেয়ে। ভাইমোং সিংমা চারবন্নুং লৈসা থেয়ে। গুয়েং থেলমা য়াংলেবদি থোম্মা হৈয়া থেয়ে। কিয়ামমা বাংলেবদি দানপ হেনবা থেরে।' মঙাইরেম গুনপোম য়াইসিলোন খুদাং মাইচাওথু শায়েং তানচাওসি ভম্বা খুমাঙ কোকপা, কাওরেল লাইথোংথোইবা।

মীতি লামপাওখেন, তাম্না ছুইসোনখোন, য়ুমেৎ লামচিখোম হংঙা মীকপখোন, মাক্না ল'নপাও সীনববু লোংকিদবা। ঐরোক ঐম্নাওখোন, চীংসাং নাইরখোনবু লোঙকাংদবা। মায়বা পন্দৈয়থা লাংথোং ঐজাসি, পামম থোংদৈরথায় পুম্নমবু সোঙকিদবা। অথৌ মীচাহকপা মাম্নাং কোমডাই লোনববু সোঙকিদবা। পাথৌ মহিসংমা ঙাওজ ইকাইমববু লেংনা ভিনব লোক্তা। খোইমুম কোনথু লৈমা কুম্বাথাম্বী মথুৎথা, থোংমাং ময়াং লাংঙুদবা মাকমবদি কনতৌবা হৈজবু; মদুইরেম লোইনাই পুখ্রনমনা লাঙ্গেই শয়াংথক্তা লানসীংহে। তলবা চীকমহৈ কাওরেল লাইথেংলুববু তঙজ টকাইখেমে। লাংচেং চীংপুনমিনে।

মীলাইমমদি শেলকোংথেমে, মৈদিংঙু থরানথাবনা তাংখুন হুইতোক'থুনঙম থেমে। মিদিংঙু সেম্বী কিয়াম্বনা থোংনাং ময়াং তুমিন্নাংচা মায়োথেমে। মৈদিংঙু শেলবী থাগেম্বনা থাংগাল নিংথৌ সানাম্নদি মানথেমে। মদাইরেম কোংম্নাংবন। ললহাং নিংথৌরেলবু কানথেমে। লোময়ুম মোইরাম্বন মকুথপ্রঙ থুনঙম থেমে। মৈদিংঙু শেনবী থাগেম্বনা অয়াং লাইনা পাংনা বাম্বা তেনকাপ থাবদি থাংগাল নিংথৌ ময়াংলেলবু কাপকাৎ থেমে। হাওরৈ নোংচুপ পাংনা কাপথর্মদ থোংমাং তেকচা কাপকাং থেমে। মৈদিংঙু কাপোম্বনা ময়াংলুপা লাংমৈ লোক্নথেমে। মৈদিংঙু লোইনাই থরান থাবনা পোনবী চীংজরোম অমুববু কাকাৎ থেমে। মৈদিংঙু থুমোম্বনা চেক্লা মাকথোং চীংঙু নোংপোকথুমুং মপাও য়েনবব, মীক্লা উনকোই লেকপবু কাপকাং থেমে। সেম্বী থাগীঙম্বনা থারম নিংথৌ কাংপুঙ মিংনাইবা কাকাং থেমে। অয়াং লমকোন থেমে। তেকমাচা কাপকাৎ থেমে। পোইরৈ থুমোম্বনা তেখাও নিংথৌ চিকোঙবা কানথেমে। মৈদিংঙু উম্না কোনথোম্বনা পোইরৈ শিমৌ নমকা থোংদমিতৈ শিমৌ হাম্না নমথোং থেমে। মৈদিংঙু লৈমিং থোইঙম্বীনা থরী থুনঙমপুঙ, মোইরাং নমথাংচাওবা মানপুংনে।

জায়েল মদাইমদি— মৈদিংগু, নাওকোংবনা খাঙকোক সনলুংখান, পানম খাকোইরামে লৈখম্বা তারিয়ান অতাইচলৈশৌদগী তুবী'ঈপান হৌরখেম্রে। মরোঙ লা'কপ- ফাংববু পংথকস্রে। কৌবা মদাইমদি— 'মোইময়াই তাওদনবদি মশাবী তাওহুইরেং অহানববু কাপনবাগুবু সেম্লোই অচৌংলেলদগী কোংয়াং 'রাথারমএ। অঙুনোংগীবু মুমিৎয়াও খোৎএ।

ঈলোক লাইচম্মদি— নোংবান নাওখোংজাম্বনা খোংহোংখিএ। কোরি পনচনখোং কোনজৌ পুময়োমখোং মিসি পাকয়ৈ খোংবু খোং-হোংলম; নোংবান নাওখোংজাম্বনা নোংবান ঈপাচা লুরাং ঈয়েল্লুপও! নঙখোয় লৈনাবীগনো। কেংগ মোইরাং পাৎচাগী নঙখোয়সুঙ ক'য়বীগদনা নোংয়াই থুমন অরেম্বা নঙখোয়সুং চৎনবিগনো হায়না খোম্বামখিএ। হুইরেম পোম্বীলোক লাওখোংজ। লৈতাংসেক কুরেক অতৌব খমেনবা উরুমকোম্বা চাকতাবা সরা লুমথাংখৌ অতৌবনা য়াকানম্নো হায়না খোখাম্ববু; নোং-বান মপচানা হায়খিএ। নোংবান নাওখোংজাম্বও! নোংবান মপাচাবুদি করম লৈবনো? লুরাং নয়েল্লুপপুদি করম থৈবনো? হৈরেম পোম্বী-লোক লাওখোংচা অতৌববু করম চাবনো? রারকলমএ; অঙুনোংগীবু নোংবান নাওথম্বা চনকোন চেকও তৌনা কৌএ নোংবান নাওখোং-জাম্বনা খোংহোংয়াম্মনে। চাকথাও নারেংখোং কৌবা য়ু রং খোংমে।

মৈদিংগু উয়া কোম্থৌবা পনমগুমিৎখেকপু চম্মুবদি সনা চুঙসে-লমএ। হুইরেন লাম্রিবিদি লংমাই লীক্কোক খৌব 'কুম্বামাওসং রাহোঙচনতৌথক, লেংমরেং অপৌববু কাইহুমরমএ রাঙমোন পান-খোইবীনা সানলোংলমএ। কৌবা মদাইমদি— য়োইবু নাইথাং তাইমুবীনা য়াথোকখেমে। য়োখায়বীনা ঈশোক খেমে। নোংরান চেংবীলৈফানীকপী কানম উংতৌ শামখোঙ সেংবীনা ওমখেম্রে।

মথং মথং

ইথোকপাঃ— য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র

# নিংথৌগা কোন্নবা মায়চৌশিং

শ্রীএন, ইবোচৌবা সিংহ।

মৈদিংগু লোংদ লাইয়েল পাখংবনা খৃঃ শতাব্দী ৩৩ দ পানখি তাইবসিদি ইতিহাসকারসিং অমদি অখণ্ড অহে কয়ানম্ভ য়ানরে, লোয়নবা ঐখোয়না শংলাক্লরিবা চৈথারোল কুম্থাব' অসিমক্ল মতুগী অথোয়িটিনি। অসগুম্বা নিংথৌ অসিগী মতুংদা মথং মথং পাল্লকখিবা নিংথৌরোন নিপান পুবা মৈদিংগু নাউফংবগী হাকথক্তা কংলাদা কংলা শণ্ডলেন সানবা শহগী উখুল তৌবদা মায়চৌশিংগী মতিক মথোনা অমদি মখোয়না কয়াম্লুক খণ্ড হৈখিবা হায়বহুগী মরমদা, খরদং থক্লেগ।

নিংথৌ অসিগী হাক্তক ঐ খায়গী লৈপাক অসিদা অতে প্পা লৈপাক্কী মীওই অগা লাক্লুনা মাগী ধর্ম্ম লাইনিং, লিচৎ, সাজৎপু, চৎহলনবা হোৎনরমই হায়বা অসি য়ারী অসিদগী খঙবা ঙম্মী। মহাক্লা অম্লুম লাকসিনলাকপনা নিংথৌগী থৌ পুবা ফাওবদা অচৌবা থৌদাং পুবা, য়াওরমলে হায়বহু তাকই মহুদি— কংলা অসি শাশনবা উরেপ যাত্রা ছুরবগী পরিং থাহুনা উখূল তৌকনখিবসি মীরৈপাক মচানি হায়বহ, কংলা হৌবা কৌবা লাইয়ক অহদা মযেক শেংনা ইয়মই। নিংথৌ অসিগী হাকথক্তা নোংচুপলোমদগী লাকপা পাগুল পণ্ডিত অমগী য়া য়াম্বা লৌদনা লম অসিগী মীশিংবু লাইনিঙ লমচৎ ফাওবা হায়গী চৎনরম্বা অহুবু হোংদোক্লুনা, শিরগা শাংকুম ফাওবা ফুমহনলম্মী। অম্লুমা লৈপাক অসিগী লাইনিঙ, লমচৎ হোংহুনা চৎনমোন পুম্বা ওম্বা তৈরলকনবা অসিদা অতিয়া গুরু সিদবনা থৌজানবিরহুনা মুংবান অসাং, পাম্বদা চহি ১৩ গী মতমদা গুরু অসিনা মমিং লায়বা কৌনা

পোকলরে। লাই অমনা মাগী পাঙল ওইনবা অরাম পাম্বগী ময়ুমদা ওকলেন লাবা খায়োম্বা থিংলৌ পনচনবনা মমিং পুকচাউ কৌহনা পোকলরে। ( অদু মতুংদ ) গুরু পাঙন পণ্ডিতনা নিংথৌ লাউফংবগী কংলা য়ুমজাউ হোৌবদা পারিং উখুল লানবনু কনাগুম্বা অমতনা খঙবা হৈবা লৈতবগী, লাল্লবা খংজ্রবন্নু, নিংপৌগী য়াইফবা মতম ওইরকলগনা গুরু লায়বনা লৈবাক পুম্নমগী মমাংদা হায়রকএ। হে: লাইয়িংথৌও! চম্পক হোৌবা কংলা য়ুমজাউ অসিদি পরিং উখুল লারে। নবুথৌগী থিথাঙ শোক্লে! অসুম হায়রবদা পাঙল পণ্ডিতপু নিংথৌনা কৌহনা হায়এ। গুরু নতাক্লা হৌবা কংলা অসিদি পরিং কারল শোয়রে হায়এ। করম শেমসিবা হায়বদা লায়বগী মাংদা অসাওবগা লোয়ননা খুম্লকএ। লায়রিবা অসিদো কনানা হায়বনো লাল্লি হায়বা খুংতম অমতং উহললো। অদু মতুন:—

লৈকাই কৌশুখোলনা খুং পোকপা
মুংসা মংচাতব নম পোকপা তৌগনো হে নিংথৌও!
নহানা মাইবা শাবা মং থনবনে,

অমুগ হায়বা পাঙন পণ্ডিতকী রা অদো। ঈশিংগা থাউগা য়াম্নবগুম:—

লৌ মপু য়োংনা তানবগুম
নৈ হোৌবনা পেনা খোংবা
বাগোন নত্তনা লুগুন থাংবা
লয়পুঙনা সল শাবা খোংদবগুম

নিংথৌনচিংবা লৈবাক পুম্নমক্না পাঙল পণ্ডিতকী রাবু য়ানিংদরে। অদুগী মতুংদা লাইরেন নাউফংবনা হায়রকএ। হে লায়বও। ঐগী শঙ্গাইনা শোয়বা অসিবু নঙনা খঙবরা লাই কনানা হায়বনো, নঙন্নু লৈকাই কদায়দা লৈবনো, নয়ুম সাগৈমু করি কৌবনো হংবদা গুরু লায়বনা খুমএ। ঐদি হে নিংথৌ য়াইঙ্গবও. নঙগী লাইনিং অরেপ্পা ( ধর্ম্মনা ) অচেৎপগী নবুথৌ পাখংবনা থৌজালবিম্নবগী লৈপাক ময়া

চেংনবা ঐবু অসাংবমদা লায়বা কৌনা পোকলম্বনে. নিংথৌগী পুক্লিংনা ঐনা হায়বা অসিবু থাজত্ৰবদি খুংথিন সাথিন কয়স্থা উংও হায়বনো ঐ লেপ্পা ভোয়গে চেনফরোহঁএ, হে নিংথৌ অথোয়্বও হায়রবদা। নিংথৌনা হায়রকএ, হে অঙাংও নহনা হায়বা য়াথংবু ঐনা লেপ্পা ইনলগে নিংথৌ ঐগী সঙ্গাই য়ুমজাও অসিবু নংনা অমরক পরিং লাংসং তনৌবা চুম্নুনা সাও ক য়ন, নিংথৌ য়াথং পিরবদা। গুরু লায়বনা হায়এ। ঐবু অনৌবা শেমহোও হায়বদি যাত্ৰা উনচিংনা সঙ্গাই য়ুম্বী অয়াম্ববু ঙয়া ফুংথোক্তুনা লোকতাক্তা থাদরুগদনে, অতুগা চৌংখমিং নায়বদা হৌবদা উ মমিং লৈবাসংবু লৌরুচুনা উরেপ চায় ওইগনি। হালনা লৌরুগদবা যাত্ৰা ওইনগদবদি কৌব্রুদগী হয়ুথোকনে, যাত্ৰা পাবদি চিংথৈদগী চিংথাং উপলনে, যাত্ৰাগী মথং অমাদ রাংব্ৰেলগী উনা থিনগনি, মহাক্কী উপাদি পিশুম চৌংদা হৌবা ভুমিংলাগা উনিংথৌগা পাগদনে, মথং অমদি লাংচৌংদগী লাংনা য়ুংগদনে, মতুগা পাগদবদি চৌংথাংদগী তৈমরেংনা পাগদনে, য়ুমজাও কা ৯ মগী য়ুম্বীদি চৌংলেন মিংনাইরিবাসিংদগী উ মিংনাইরিবাশিংবু মশিং শুনা লৌরুগদনে, উথোকতেন ওইনগদবদি, হৈবোক্কগী উনা ওইনগদনে. থাঙ্গলবুদি খেপু চৌংদগী উনা ওইও, উয়া হুমদাং ওইনগদবদি থাজ কয় ংরানা ওইগদনে. ইকুপনবদি লংথাই চৌংদগীনা কুপকদনে, পয়া পুনবদি রাবগাইদগী রান ওইও স্না য়ুখীদি থংচৌংদগী উনা ওইও, থাঙ্গেন্দি লাঙ্গোন্দগী উনা ওইগদনে, হায়কৈ ৪ মাদি লৈকাই ৪মদগী উনা ওইগদনে অসুম হায়রবদা গুরু লায়বগী য়াথংবু নিংথৌনা চিংনা লৈপাক মচা অয়াম্বনা হয়াউনা য়ানয়বদা অসাংবম গুরুনা হায়রকএ। হে লাইনিংথৌও, ঐবু নিংথৌ পুক্লিং পিনা থাজয়বদি, ঐ লেপ্পা শেমহোগে, ঐনা ভোথা অসিবু নবুথো পাথংবমা কুবিসনো, হৌজিক্তি লায়বা ঐগী ইন্তিকম্নুং তাংনা থংলোয়রো। ঐনা হায়খিবা যাত্ৰা উথুল লায়ে, নবুথৌগী য়াংবী সোকলে হায়বদো লেপ্পা য়েংলো, ঐ লেপ্পা থংহনগদানে, পাঙল গুরুনা হৌরম্বা উয়ুং যাত্ৰা অসিবু, নিংথৌ নংগী

মপালনা শংতোকলগে য়েংলো হে নিংথৌ অখাইবাও, অস্ত্রম হায়-রবগা, গুরু লায়বনা অপিয় গুরু সিদব', অপানবা লাই মাবু থুরম-লবগা, থুপাক্লা উ য'ত্রাদ ৭ লক য়ৈরবগা নিংসা ৭ লক কাম্বদা ভাউরোটনাইনা থৌজানবিবাগী যাত্রা উনা চিংনা তাবে' অয়ম্বা মথনা ফুকতোকখিহ্রনা প ইখিরে। লোক্তাক্তা ভক্লনবগা লাই ওই-খিরে। যাত্রা পাইখিবগা লৈমু'দগী ঈ ব্রাংনা ইঙাং ঙা'না; চাযথরকলেং মতৌ ওদ্বোকপা অসি উবদা নিংথৌনা চিংবা লৈপাক মচা অয়াম্বদো ইঙক ভকলবদা, লাইরেন নাউফ'বনা হায়রকএ হে গুরু অম্বা'ও. মংনা হায়বা য়াথংবু শোয়দরে, থৌরম কবম তৌনা নিংগৌ এগী য়াইফবা ওইগবনে অস্নুম্না শংবদা? হে নিংথৌ অথে ইবল পুক্লিং অরেপ্পা য়াথং থাজববু লৈরবদি লাইয়িংথৌগী য়ু ইকা মতৈ ওইনবু লায়বা এনা থৌরম তৌরাগবনে। হে নিংথৌ অথোয়বও, পুক্লিং করি নিংগনো নবুধৌ অপানবাবুত্থ কাওগনো। নংধৌনা, লাইয়িংথৌ নংবু খঙনবা মতিক উৎলিবা অসিদো, লায়বা ইথনা ঙমলোহএ। ঐগা পোকময়রকপা ইপাং লৈএ। অরাম্বম্না য়েকলিবা মরাইবক ভাঙবা, মমৈ লাংবা. মথোঙ ৮ ভাঙবা, মপুক লংবা, মমিং পুকচাউ কৌবা, হোংবগী মযুংদা লৈবনে, মাগী লৈঙম ওইরে মাবু কৌরুও হায়রবদা। নিংথৌ শেনবা ৭ ভংবু শীথহ্রনা চায়করে। চোংবনা হায়রকএ; পুকচাউ অসিবু সুংবান লাইদা কত্তুনা পোকলেন থৌনিপে হায়না নিংবরু, নিংথৌগী য়াথংমা নিয়বনা হাল্লে। হে অপোকপা লাইও! অয়োনবা ভাকপিও হায়হ্রনা পুকচাওবু নুং'বান ওকশংমুংদগী হোইথোকলুববু .থিংলৌ মথিনাই ওকলেন মরাঙ হৌরবগী অরাম্বম হোংবনচিংবা - নিংথৌশেনবা ৭ মম্বুং থরই মখি পায়না লাইরেন নাউকংবদা রাক্ক্ৎচথিএ। স্না য়াথং লুদা থোংনা নমাই হোংবা য়াউনা পুকচাউবু কৌথোকপবু য়াদরে হায়রবদা। গুরু লায়বনা হায়এ, নিংথৌও করি চিংনগনো, লায়বা ঐবু উদবগী য়াদবনে, ঐহাক

চত্তুনা কৌক্লগে হায়ত্তুনা, অরাম্বম কোংবগী লোয়ননা গুরু লায়বনা লা লাত্তোন ১দা চেঙকুপ থরা. তিংথৌ মপোপ ১৫ নে কোনয়াইনে চাপত্তুনা পুকচাউগী মমাঙদা থারে। অদুগা গুরুনা হায়এ। হে পুকচাউও ইবিংঙানা পোকলকপবু লাইরেম নাউফংবগীদমক পোকলকপনে, শংনা নিঙশিংও। চৎসে চৎসে হায়রবদা পুকচাউদি লায়বগী মশক উরবদা থিংলৌ মথিনাই, ওকলেন মরাং হৌনা, মুংবান ওকসং মুংদগী লায়বা মাঙদা থানা লাইয়িংথৌ নাউফংবগী সঙ্গায় কোম্নুং চংলকপবু, লায়বা. পুকচাউ, হোংবা ৩ মাবু উরবদা নিংথৌ পুক্লিং হরাউরে। লায়বনা হায়রে। হে লাইয়িংথৌও ঐথোয় ৩ মনা অরান অচুই থৈবিকপূ শেংথোকলগনি। লাইরেন নাউফংবও নপূক বারগনে। অমম্নুং পুকচাউ অসিদি মতম য়াৎলি, ওকসং নৈনা শানা থমখিসে। হয়েং নোংশোয়রবগা, থুরায় য়াইরঙবনা য়াইরকলা, য়াংথৈ কৈত্তুবনা ভুরকলা, থ্বাই হরাঙবনা নৈথরকলবা, যাইস্কুল যাইচাবনা চাসিনখিরবগী অহিং নোংয়াই মতমদা পুকচাউ থাদোকলে, হোংবনা ঙাকলে। লাইরেন নাউফংবগা গুরুগা ২ মনা থা য়াং লেপলে। পুকচাউদি থিংলৌ মথিনাই ওকলেন মরাঙ হৌনা, উখুল থুদিংগী পেরে মতমগুম কামথৎলিবা থৈবিকপু ইনগা ইম সায়গ সায়না নোংপোক নোংচুপ থা অরাং লাইচি ৪ মদা সঙ্গাই য়ুমফম পুম্নামাবু লাঙ্গোননা খো'য়বগুম নৈতেম মানয়া শেমহৌরে। মতৌ অম্নম্না গুরু লায়বনা শেম্বিত্তুনা নৈপাক য়ায়গদববু ঙাক শেন্দুনা জুংঙাইহনখি।

মতৌ অম্নম্না নিংথৌরোল কয়ামকুমগী হাক্তক্তা নৈপাক্কী নিংথৌগী য়াইকনবগীদমক মতম মত্তমগী ওইবা, মায়চৌসিংগা থাগোম্নত্তুনা, মায়চৌসিংনা ভৌবা ওম্বা শক্তি কয়া শিজিন্নখি। মসিগী মথংদা লাকখিবা মায়চৌ কয়ামাগী য়ায়ী মথং মথং নৈগ্রে। পুম্নমক অত্তু লৌথহপা ভারবদি মভাং অসি সাংমনখিগনি থজবনা মভাং অসিদা জেঅতক্কা লোইশিনজরগে। ময়াম্নু থুরুমজরি।

# ফমলোল

অয়িব মোইরাংথেম নরেন্দ্র

ফমলোনসি লয়বাক ঙাকপদ খুদোং চানব সীনব লাই হাক্ক-কতগি চংনরকলব খুৎসীগ অতনি। লয়বাক ঙাকপদ খুদোং চানব লয়বাক অসী মফম কয়'মরুম থোকন থম্মী। মফমশিং অতুগি মক ফত্ত রা'য়েন থোদা পুমনমক মী অমদ সঁ ননব থম্মী। মীসং অতুবু ফমনাইব হায়না খঙৈ ফমনাইব হা'য়ন খঙৈ। ফমলোন হায়ব অসীদি লয়বাক ঙাকপদ খুদোং চানব ফমগ তোগদব থবক্ক কোনমন পীব হায়বদি লয়বাক পুনবগি মী হাপপগি মরম অতুবুনি। সমূন হায়রবদ ফম সেম্বনি। সেমলিব ফম অতুগি মরোল নক্রেগ নিংথৌন মথং মথং মাগি মাগি হাকথক্ক ফম'শং অসি সেমথিব খঙনব য়িব লাইরিকনি।

ফমলোলস হেক য়েংবদা অমদি তাবদ ফম সেম্বগি রা রোইন রূহল্লী। মতুমক্তি নত্তে। ফমলোলদি পাবতন য়াবে ভম্ব দরকার রোই। মরোল হায়বদি মসুং মপাল য়ামন নাই। ফম অমবু কনাগি হাকতক্ক সেম্ব ফমনো হায়ব খঙবদ'দ লাইরিক অসী ফাকলগা হায়বদি পারগ য়ামন কোমন থোকপ য়াই। লাইরিক অসীমক্তি ফমসক খঙনবত নত্তে লয়ঙাক লোলস্থ য়াওরি। অয়গি মোংতদি মসি লয়ঙাক লোলনি হায়নিঙনী। ফমলোল অসীদি থায়নগি লয়বাক ঙাকনবগি মরু রোইব লাইরিকনি।

ফমলোল অসী অয়িব অনৌব হায়ব রাফম নৈ রাফম অসীগি মরুদি পরিবর্নিরাজগি মমা'দ পানব নিংথৌসিংগি ফমন অয়িব, গরিবনি-রাজন পানব মতমদগিন মথং মথং নিংথৌসিংন সেমথিব ফমসিং অমুন অনৌব, অনৌব ফমলোল হায়ন খঙৈ। অয়িব অনৌব

থায়ব লাইরিক তোঙ্গানন লৈবগি য়াকম লৈতে। তাংককফি য়া অসিথকতনি। মণুংগি মরুরোইবা য়াফমন মীরৈবাক্কি কম অমম্মত অনৌব য়ায়েন য়াওবদগিনি।

ফমলোলদ সেমলিব মরু য়োইব ফমদি নিংথৌ পোংব নিংথৌ, ফমথৌ অমম্মত ফমথৌ নিংথৌনি। ফমথৌ, ফমথৌ অসীগি মনুংদা খুনফাংথৌ, লাইফাংথৌ হায়ন মথল অনী থোকন লৈ। ফমসিং অসীগি মচা থায়ব ময়োনদি মথাদ মতাং চান, ফমলোলগি মতুং য়িংন হায়রক্কে।

ফমসিং অসীগি মনুংদ "ফমলুপ" হায়ব অমগ "খোঙলুপ" হায়ব অমগ, মথল অনী থোকন লৈ। ফমলুপতি লাইগি ফমনি. লাইদগি সমথরকপ ফমনি। খোঙলুপতি নিংথৌগিনি। নিংথৌন সেম্ম ফমনি। মীগি ফমনি। খোঙলুপতদি পানা থায়। পানাসি ফমদম্ম লমদম্ম অনীমক্ত লৈ; ফমলুপ অসীবু লাইসরা ফমলুপ হায়ন খঙনৈ! মখোয়সিদি লাইগি ফমনন কম সেম্মগি য়া লৈতে। কনান সেম্মনো মরম খিনদে। লাইসরা ফমলুপ হায়রগা অদুম খঙনয়ে।

মথক্ত হায়খিব ফমলুপ অসী ফমলোলদদি লাইসারা ফমলুপ হায়ন লৈ। ফম পুম্নমক্কি মকোক্তি লাইসরা ফমলুপন য়োই। ফমলোলগি মতুং য়িংনন লাইসরা ফমলুপতি গুরুগি হকচাংদগি থোকখিব রুমুং লাই মাপল অদুবু খঙনৈ। রুমঙ লাই মাপল অসীবু পাখঙবন্দি মরুপ নিংথৌ পোংব ১০ হায়ব অদুনি। রুমংলাই মাপল অসীগি লাইপাদি হায়বদি মখোয়ন য়োইব ফমদি:—

১। লাইয়িংথৌহনবা — খুরাই লাকপ
২। যোংব হনব — য়াংবৈ য়াকপ
৩। থমলাংব — নোংথোনব
৪। চাথাব — পুখ্রনব
৫। মাউকম — খুরাই লাকপ
৬। মুরা নিংথৌ — য়াইস্কুল লাকপ

৭। লুরাং নিংথৌ অহললুপ্ লাকপ
৮। য়ারজিঙ হিয়ংলোয় হনজব
৯। কৌবরেল চোঙখানব হনজব

মখোয় য়াপল অসীদি খুনফাংথৌ মাপলমক্তি মকোকনি। পানা পনীনি। থাবম লাইফমনি। রাংথৈদি থাবমনি। খুরাইদি লাইফমনি।

নিংথৌ পোংব ১০ অমসুঙ মখোয়গি কমগি রা লৈরে। বৌজিক নিংথৌ পোংব ১০ অমসুঙ মখোয়না পুব থৌ অদু থাহজগে:—

১। য়ীরেম থাব নিংথৌ ১০ লুবাং পুই
২। থমংথাব নিংথৌ ১০ সরাং লয়সাংথেম পুই
৩। লোকয়ায় থাব নিংথৌ ১০ খু ন পুই
৪। রাংব থাব নিংথৌ ১০ অঙোম পুই।

নিংথৌসিং অসীন অহিং নুংথিল থায়নন লয়বাক্তি থৌ পুই। মখোয় অসিমু লাইগি ফমনি, ফমলুপনি। মখোয় অসী লয়বাক নিংথৌগ অনীগি মরক্ত লৈব কমনি। মখোয় অসীন মসাগি য়াথনতন নত্তগ নিংথৌগি পাউতাক মতুং য়িনন অমদি লয়বাক্তি চৎনবি য়েংন রায়েন থৌদা পুমনমক তৌবা ঙম্মী। মসি ফমলুপকি রায়েননি লাই হাকথক্তি থায়েননী চায়ন থঙনৈ।

খোঙলুপতি নিংথৌ সেম্মী। নিংথৌন কাপ্প ফমনি। অদুবু য়্যারহনগি খোঙলুপ অমসুঙ নোংমাইস খোঙলুপ কায়ব খোঙলুপ অনী য়াউরি। মারকনগি খোঙলুপতি য়োয়রেন হনব, মাইব কনবনি। মপুন লাইনি। খোঙলুপতি খোঙলুপনি। খোঙলুপত য় উরবমু অয়খোয়ন য়োয়রেন হনব মাইব হনব অসীদি লাইরোইন অদুম মথননৈ। লাইগি ফমনি কায়ন থননৈ। লাইগি কম হায়বদি খুরাই-লাকপ রোইব মীবু লয়থাকন.নিংথৌন লাইয়িংথৌ হনরগি মঙন লৈ লাইয়িংথৌহনবনি হায়ন ইকায়ে খুমনৈ। কমলুপক খোঙলুপ থেননবন অসীনি। লাই স্নারা কমলুপতি পানা খাল্লর রুদে।

খোঙলুপসি কুমলুপতগি থৱ চনথৱ থাকি কম রোই রুই। খোঙ-লুপসি লাইপাস্থ লৈ। নিংথৌন লম্বাক ঙাকপদ খোঙজোম থক, খুদোং চানব সেথ কমনি! পানা থ'ম। সঙগি মকোক লাইসারা কুমলুপন য়োই : ময়ম অসিদগি খোঙলুপপু থৱ হনথৱ কম য়োইগ রুই হায়জবনি।

লাইগি কমদি য়োইব হায়থদি মঙন য়াউব, খোঙলুপকি মপুং-ফদি লৈব মকমদ, মাথহনগি খোঙলুপ, য়োম্রেল থনব, মাইব হনব মথোর অমী অমী অমম লাইকম'ন অমন থাবমনি। য়োম্রেল, অসে অমাই অসোদি মৗতৈন মম, মৗসিং, হুংসিংনি হায়ন ইকাই খুম্নৈ। য়োম্রেল অমাই অসোদি লাইগি কম য়োইরবস্থ খোঙলুপত য়াউরি। কমলোলসিগি অরুব, মচ' থায়ন থঙদবা য়াদবা মত্তাং মথম অমী অরুব মতাং অমনি। মতাং অনীগুমব অমী লৈবদগি কমলোলসি পাবতন য়াদে, তমব দরকার লৈ হ য়ক্রবনি। কমলোলগি মরমদ, লাইরিক্ত য়াউরবস্থ থঙকওব রুকওব মীদগি তম দরকার লৈ। থঙকও রুকওব অথঙ অহৈ হৌজিক্তদি থম তাঙলে। অয়থোর মাহান থঙবদ থম্ম রারে।

খোঙলুপ হায়ন থঙনরিব'সদি নিংথৌ নিংথৌম মাগি মাগি ঙক্তমদ সেমথিব কম অত্তুবুনি। কমলোলগি মপুংফদগি খোঙলুপত লৈব কম থরগি মরমদ লাইরিক্ত লৈব থুংয়ি অত্তুগি মরোংদ মতাং থরদং হায়জগে।

"শাবংবগি খোঙলুপতি পুরুমবদি লাইকমনে। মোংথোনবদি থাবমনে। কয়কং সেলনুং ময়িমনে।

পোইরৈতোনগি খোঙলুপতি অজৈবদি লাইকমনে। থাঙলু হনবদি লাইকমনে। খুঙহৈব হনজবদি থাবমনে। মিজব তনজবদি লাইকমনে। কোনমা হনবদি থাবমনে।` থাঙমা হনবদি লাইকমনে। তরুকম অসীদে।

নোংমোই মুগি খোঙলুপশিং এক্রেন হনবদি লাইকমনে ; কয়ক্রেন হনবদি খাবমনে। অহেৌব হনজবদি লাইফমনে। সঙ লিঙ্ঙে। অহুমম অসীনে।

য়াউরৈ খুনক'ন খোঙলুপশিং চীরাং লাংব হনজবদি খাব·নে—। সঙ লীঙ্ঙে। মরোম অসীন ফমলোলগি খুৎয়ি।

মারহন, মোং খোইনু অমসুঙ য়াউরৈ খুনবাম অহুমগি খোঙ-লুপক পোইরেঙো·নচিংব অতৈ নিংথৌসিংগি খোঙলুপক মাননদে। অহুম অসীদি লয়বাককিনি। নিংথৌন সেম্বগিদমক খোঙলুপশু খম-ন্নি। লাইগি য়োইব খেঙলুপনি। মথোয়গি ·থৌদি লাইগি অমদি লয়বাককি য়োইব খবকনি।

খোংলু ভি নিংথৌনি মতম মতমদ, মাগি মাগি লয়বাক ভাকপদ থুদোং চনব সেম্ব কমনি। মাগি মাগি খোঙলুপশু মাগি মাগি য়োইব মীবু কম পীহুনা লয়বাক ভাকনব লয়ভাকলোল মথং মথং সেমলকপন মৈদিঙঙু হমদও লোয়ম্বগি হাকতক্তদি খোঙলুপকি মপুংদ "লুপ" ৬ তরুক অম সেনখিয়ে। লুপ তরুক অহুন পানা পামবোম য়োইহুন লয়বাক ভাকখি। মোয়ম্বাগ মতমদদি য়ায়েন নিংথিন লৈরে। য়ায়েনগি অয়িব লাইরিক লৈরে। লুপ তরুক অহুদি :—

১। সেললোই লুপ
২। লংমাই „
৩। আঙোব „
৪। চিঙমা „
৫। খুরাই „ অসীনি।

মৈদিঙঙু কিয়াম্বগি খোঙলুপশি য়াংথৈবাকপ, য়াইস্কুল লাকপ অনীমদি খাবমনে। খুরাই লাকপনে, খুরাই রাকপনে অনীমদি লাই-কমনে। মামু চনজবনে, অচুনবনে অনীমশু লাইকমনে। অচুনবীদি খাবমনে। সঙ লিঙঙে। অহললুপ সঙলেল, নহারুপ সঙলেল অনীমশু লিঙঙে।

মৈদিঙগু খাগেম্বগি খোঙলুপতি দোলাইরোই হনজব থাবম সঙলেন. লাইফম সঙলেন অনীম লিঙখৎলে। সঙখুব মরিমস্থঙ লিঙখৎলে। লাইরিক য়েংব হনজব, ক্ষেত্রি হনজব অনীমস্থঙ হাপতুনা লাইফম য়িলংললে। সঙ পুম্নমক লিঙখৎলে। কয়রোই পুম্নমক লিঙখৎলে।

লোয়সঙ অয়াম্ব খাগেম্বগি মতমদ লিঙখৎখিবদগি খাগেম্ববু মীচৈন "খাঙজেঙ লাইরেম্ব" হায়দুনা লোয়সঙবু লোয়সঙ কাব মীনা অমদি লয়বাকনা শকুমনরি।

সঙসিং অসীগী মথুংদ — কমলোলদদি য়াউদব সঙলোলদদি য়াউবা কয়থুম সঙ অসাদি নাওখিংখোঙগি মতমদ পুথোকখি। মৈদা হনজনদি সামৈরাংন সেম্মী।

মথক্ত হায়জগ্রিব কম থর অসীদি অরিব কমলোল হায়ব অদুগি য়ানি। অনৌব কমলোলগি মতাংদ মমিংত রোইন থরদং হায়জগে।

গরিবনিরাজগি খোঙলূপতি— ভেনস্থ হনব, রামু খুললাকপ, খুনথোং লাকপ, চুঙস্থ হনব, কমথকচা, লাইরেল লাকপ, য়িমিংলোয় হনজব, অমেৎপ হনজব, যুবরাজ, মন্ত্রি, সেনাপতি, কতুরাল, পানা হাজারী মরি, পোৎসঙব হনজব, শিদাক কানব হনজব, চাংথম লিংথৌ, হিনাউ হনব, শিরু হনব, লমবোং হনজব অসীনি। মাগি মতমদ লিঙখৎলম্ব সঙন— চয়থাপ, পোৎসঙব সঙলাংময়, শিদাক কানব সঙলেন, কয়রুং য়াইরেক সঙ, তানয়য়ব লোয়সঙ, কৈবী চিললা, চুলাই পাব, পামোন সাব, য়িমুংলোয়, সঙ পাননব পুম্ননমক অরাং অপা য়েংন লিঙখৎখি। সঙ পানব পুম্নমককি বিচার তৌরে। য়োয়রেল, অমাই, অসৈ অচুমমকি সঙ লিঙলে।

## বায়েল অমসুঙ থৌসীল।

গরিবনিরাজ মহারাজগি হাকথক্তুদি নাহারুপ, অহললূপ পানা অনী অমগ অমুক সেমদুনা পানা মরি থায়না লয়বাক বায়েল থৌ-দাগি খুদোং চাব হাননদগি হেলহললে।

পানা মরি অসীগি মতুংদ তোঙান তোঙানবা মখিং খোমজুন লুয়বাক রায়েন খুদোং চানব তৌখি। লোয়নসু অচন তোগদব মখোয় খায়দোকখি।

খাবম, লাইকম অনী অসীগি অপুনবা মমিংবুন "খুনজা" অদুগ রাহারুপ অংলপ পানা অসীগি অপুনব মমিংন "নাইজা" কৌতুন লয়বাকি রায়েন খোদাদ মচাতাব খৌসাল অম পী।

খুনজাগি ফমবুম পোইরৈ খুনফাংখো অদুগ নাইজাগি ফমবুন রাঙ্গ নাইকাংখো হায়ন কৌতুন লয়বাকি রায়েন পথাপশু মচু ভাব মখোঙ্গ লয়ঙাকলোল সেমখি।

চয়রাপকি রায়েনফমদগি ফমখো কৌবদি খুললাক ফম অম মবু খঙবৈ। নিংখো কৌবদি, অঙোম নিংখো, মোইরাং নিংখো, লুরাং নিংখৌ অমসুং খুমন নিংখৌ মরি অসীবু খঙবৈ। নিংখো মরি অসীবু ফমখো নিংখো কোন কাঙলুপকি রোইন অমদি পানাগি রোইবন লয়বাক রায়েনী। চয়রাপন উমদব বাবু লয়বাক নিংখৌগি রানি হায়ন— অচৌব রাকমদবু নিংখৌগি রোইব খল্মী। ফমখো অমসুং ফমখো নিংখৌসিং অসীন নিংখৌবু সোয়ব য়াদে, লামব য়াদে চায়-থুন ফম অম রোইখসি পানা অদুগি সংলাক কয়রুংন মী অদুগি মঙ্গমচেং মতিক য়েংলপ চয়রাপকি ফমখো নিংখোদ হংগৎলী। নিংখো মনিঙ তৌগে। অদুগি মরম মখোয়গি পথাপ, র'য়েন অচু মতাং থজিঙুং পলঙগে।

নিংখো সেনব, লয়থ সেমথ সঙবা কাপদব মীটি পিবাগ মথং অনী অসীভন কাগনি। নিংখৌন কৌহুং মতুংদ লৈমিমনপদব মীদি য়োয়বু য়োয়হৈ, হাঙবচা খাঙজবা লৈজিনখপাদি। অদুমন লয়বাক অমন চৎকদব রায়েন পথাপ নিংখিন সেমগুন থমখি।

নিংখো তমব অচম্বু ফমখো অদুলাকপ ফমদি লাখিংখো পাঙ-খোমগি হাকথঙ হাপ্পী। সতুমাদি, দেথাদ, লামিক যেংব হনজব,

পাঙল কাজি, নাপেং হনজব, ধোবী হনজব অসীদি মীরৈবাক্কি য়েনপক তুপপ ফমনে য়ায়েন লৈতে। মসীন চিংথংখোম হাকথক্কি য়ায়েন্নি।

ফমলোনসি পাবত্তন য়াদে তপ দরকার লৈ হায়ন হাননম্ম ওয়জত্রে। মসি'গ মরমদ মথা অমুক্ত ভান থরদং হায়জগে। মসুং মপানগি য়াস্ত্র থ থত্তন য়েংসি।

খাগেম্প মতমদ সেংগ্রব লাইরিক য়েংব হনজববু হায়রিদি ফমবু চিংথংখোম হাকথক্কু মীরৈবা'ক্ক ফমনি য়ায়েন লৈতে। অদুগ হনজব মিদং খুনলাক লুপলাক খুনবু লমবু ফম সং অ'সগি মসুংদ থুল্লাকফম ওয়থদি ফমথোনি, চয়রপনি ফ নি। বরম্ম মফমদ খুনবু লম্মুন লয়বাক ঙাকলে'লদ য়'ওবগে মখোয় নাইজাদি নরে অমন য়োয়রেলন নিংগ গরোংনা থোংগল চংঙভী গারেংতি নিংথৌগি মথংনি। লোইসঙ্ক মকোক অঙাম নিংথৌন নিংথৌগি মহুং সিনন মতম থরাগ থবক পুব য়াদে। অসগুম্ম মরোল নাইব গরম লৈবদগি ফমলোলবু তমব দরকার লৈ হায়জবনি।

ফমলোলসি অপিকপ লাইরিকনি। মসাদি মমুক য়াম্ম য়াওদে। মসিবু থঙব তাবদ ১। সঙলোল ২। লোইরোল ৩। লমমিং লোল ৪। মসিল (ফমলোল) ৫। লয়থক লয়থারোল, ৬। থুনথোকলোল হায়রিব মরু য়োইব লাইরিক অসী হানন থঙব তাই। মসীদ মরু য়োইন নৈনগদবন য়ায়েননি।

প'রিবনিরাজ অমস্তুঙ চিথঙথোম হাকথক্কু সেমখিব ফমসিং অসিদি পানা মরি অদুগি মসুংদ লোইন থংলে। লুপ তরুক অদুগি মাকম থনজত্রে। পানা য়োইন থনজরে। ফম পুমনমক পানা মরি অসিগি মসুংদ লৈহল্লে। পানা মরি অসিগি মসুংদ পানা খুদিংদ লৈপদব মরু য়োইব ফমদি :—

লাইফম :—১। পুখনব                মহাক্তপঃ—১। য়াইফুল লাকপ

| | |
|---|---|
| ২। সঙজেল লাকপ | ২। চোঙখানব হনজব |
| ৩। য়িমিংলোয় হনজব | ৩। লাইখু লাকপ |
| ৪। লগময় লাকপ | ৪। হুইত্রোন হনব |
| ৫। লয়চোন লাকপ | ৫। নাইকা লাকপা |
| ৬। খুন্দোং হনব | ৬। নাকপক লাকপ |
| ৭। হিজব হ ক | ৭। অহৈব হনজব |
| | ৮। হুইরোই হ.জব |

অংক্লুপঃ—১। খু'ইর'কপ খাবমঃ—১। রা'খৈরাকপ

| | |
|---|---|
| ২। তিয়াংলেম হনজব | ২। নোংথোনব |
| ৩। ফমথকচা | ৩। সঙালল লাকপ |
| ৪। য়েনত্রেন হনব | ৪। য়িমিংলোয় হনজব |
| ৫। রেক্রন হ.ব | ৫। রসু খুল্লাকপা |
| ৬। য়িরাৎ লাঙব | ৬। কয়ক্রন হনব |
| ৭। সিনলাইব হনজব | ৭। খুংহৈব হনজব |
| ৮। কিদা হনব | ৮। খাঙসা হনব |

পানা মরি অসিবুঃ—১। পোইরৈথৌ ২। খুনফাংথৌ ৩। ভয়মংথৌ ৪। লাইফাঙথৌ হায়ন খঙনবুন চয়রাপ রায়েল্লী। য়োয়রেল, অমাই, অসে কহুম অসিদি মথক্কি কাংলুপ অসিগি মমুং চনদে।

মথক্ক হায়রিব কম অমসুঙ সঙসিং অসিগি মমুং য়িচন চনদব নরসিং মাহারাজগি হাকথক্ত গারেৎ অমা লিংখৎখি। মসীদি ময়াম অসীদগি পুমতোপ তোপথ্রে। সঙ অসিন লৈব ফমসিং অসীদি লাইপা লৈতে। মসীগ মরোঙ অসি মৈতৈগি ফমলোলগি মমুংদদি য়াউদে। মসীগি মরোঙ অমা অয়গি খোংতদি নরসিং মহারাজগি মতমদগি লয়বাক অসি মিলিটরি সাসনদ লৈরবরা হায়ন খনজৈ। লয়বাক অসীগি রায়েন থৌদা থৌসীল অসি য়েলুরবদি সাহেবসিংগি ফ্যাডেংলিজম হায়ব অদুনি হায়ন লওজৈ। ফমলোলসিদ, য়োজা খরন

লাইসর ফমলুপ হায়গনি হায়ব থর; য়োক্না থরন লাইস্না ফমলুপ হায়গনি হায়ব মোং অনী লৈ। অয়গিদ লৈব লাইরিক অনী অহুমদদি লাইসারা ফমলুপ হায়ন লৈ। লাইরিক্কি অহোবদ লাইসারা ফমলুপ কৌবদি গুরুগি হকচাংদগি থোকখব ...। অদুগ লাইরিক অমথক্তদি মথাগ অস্তুমন য়িরী—"লাইসরা ফমলুপ কৌবদি পাখঙবন লাই সংগ সঙনাইদ হিপৈঙেন লয়নু থকুপ অসৈবন য়াহৌবব লাইয়িংথৌরা হওকুনো নিংথৌ নঙাইরোয় ফমথৌ নহিসং লৈত্তরিয়ে হানন থামলে। পাখঙবন মহাক্তগি লাই ফমথৌ মাপলম য়াথোকলে। লাই অহনবদি লাইয়িংথৌ হনবনে অগদি মোংব হনবনে...লাইফংথৌ মাপলম অসানে। অসীবু সিনবদি খুরাই লাকপ. রাংথৈরাকপ নোংথোনব, পুখ্রংব, খুরাই লাকপ য়াইস্কুল লাকপন সিল্লে" অস্তুমন অহওবদ য়ি।

সঙ লিংবগি মতাংদন ফমলোল খুদিংমক্ক খোঙলুপকি মনুংদ য়ওব নোংমোইনু খোঙলুপকি সঙন হানব রুই। অদুবু লাইরিক অমদন" মাতিথা সিদব লয়ারাই নোংরোইবন য়োয়রেল লোয়সঙ লিঙডী" "য়োংরেল সন্নাই ৭নে। লাইদি লয়মবেলনে," অস্তুমনসু খেঙনৈ লাইসরাবু হায়রবসু লাইসনাবু হায়রবসু লাইরিক খুদিংমক্তি মখুংগি মক্ক রোইব ফমসিং অদুদি খেননদে। অনৌব ফমসিংদ মসিলগি মতাংদ থর থর খেননবদি লৈ।

অরোইব রোইন অয়ন হায়জনিঙবদি ফমলোলগি ফম সেম্ব ঙাক্ত নত্তে। ফমলোল মসিল হায়ব অসীগি মিংয়েংদগি লাইরিক অসী লয়ঙাকলোলনি। মসীগি লাইরিক অসীবু হেক লাইথোকন থম্ব য়াদে। মসিঙন অয়থোয়গি করম্ব থাককি লয়বাকনো হায়ব, মীন সক খঙবিনব লাইরিকনি। (নউরুম খুনথোঙ)

———

### ৬ শুবা কুমওনগী মায়চৌশিং নিঙশিং তুমিৎ

## মায়চৌ লাংওন

শ্রীও ভোগেশ্বর
মাইবম লৈকাই।
তাং ৫।৮।৮১ ইং

ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাক অসিদা পানখিবা মতম মতমগী নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা মায়চৌ কয় লৈরম্মী হায়বসি অরিব লাইরিকশিং হায়বদি নিংথৌরোল শাংকক অচৌবা, শাংকক মচা, শাংখল লাংহৈ, গুরু পুরান, থাংগেম্ব লম্বশাং, লাংওন লাংদাই অমস্যুং শজাই ভারমলোঃ চিংবশিং অসি মত। মতমতুগী মায়চৌশিংন ইদুনা থম্মিরম্মী। লাইরিকশিং অসি লৈবাক অসিগী তুংদা ওইরক্লদবা অমদি থোক্লরগদবা থোদোক-শিংগী মরমদা ইবা লাইরিক্নি। মসি পারগা মায়চৌশিং অদুগী মতিক মগুন্দি খঙবা অদুগা মখোয়গী হৌরকফম পাগী পুরীগী রাফমদি পল্লমদবা মরম্না ফংবদা য়ানা থোকই। থাক্লেশেংনা হংয়রবদা ইফং ফংদে হায়জবনি। মীয়ৈবাক্কী পণ্ডিতশিংদি মখোয় মখোয়গী হৌরকফম খঙবা ভৈম্নে। ঐখোয়গী লৈবাক্কী মায়চৌশিংদি নিংথৌ অ গী হক্তক্তা লৈরম্মদুনা মতম ওইরক্লগা মফম খঙদনা হেক্ত গাওংথবনা মরম ওন্দুনা অয় ম্বনা লাংওননি হায়না লৌনৈ।

মৈদিংগু নাউফংবা খৃঃ চহী ৪২৮ দা পানখিব নিংথৌগী হাক্তক্তা গুরু লায়বনা লৈবাক্কী ধর্ম্ম অমস্যুং নিংথৌবু অরাবা ভাগদবগী কনখি। মথংদা মৈদিংগু নাউথিংখোং খৃঃ চহী ৬৬৩ দা পানখিবা নিংথৌগী হাক্তক্তা মঙাং গুরু লুরাং গুরু অমস্যুং খুমন গুরুনা লৈবাক্কী দমক লাইনিঙ লীচৎ তাকখিবা অসিনচিংবা মথল কয়াগী মায়চৌশিং শিঙ-থাবা য়াই (কংলা হৌবা)। অদুগা হায়জনিংবা অমনা মীয়ৈবাক্কী পণ্ডিতশিংদি অসিগুম্বা তুংদা থোক্লগদবা বারোল ইবা অমসুং শক্তি

থংঙ শীজিন্নবগী রাদি একসেপসনেল ওইব থন্না নত্তনা তাবা ফংদে। থম্বনগী মুনি ঋষিশিং বিশ্বামিত্র, কণ্বমুনি, দুর্ব্বাসা, অংঙ্গরস, চ্যবন অমসুং বাল্মীকিনচিংবা মুনিশিংদগী চৌনা চহী যুগ কয়াগী তুংদা ওইরকখিব ঈশ্বরদ শ্রদ্ধা লৈজরব রামকৃষ্ণ পরমহংস, স্বামী বিবে-কানন্দ অমসুং শ্রীঅরবিন্দনচিংবা পূর্ণভক্ত মখোয় মখোয়গী হৌকম শাংলক্লম থত্তনত্তা নত্তনা মখোয় মখোয়গী মতমদুগী সমাজগী দমক ফননব লম্বীদা খোঙদারম্বগী ররী অমাম্বা তাদা ক'নৈ। ঐখোয়গী লৈবাক্তী মায়চৌশিংগীদি শক্তি য়াম্না শীজিন্নবা, তান্ত্রকী সাধনা য়াম্না তৌরম্বগী অমদ তৌবা ঙম্ব শক্তিগী ররেন ঙাক্না ইবা, মখোয়গী হৌকমদি অবোনবা ওইনা ইব থৌনৈ। মখোয়না সাহিত্যগী ইতিহ সকী ওইব ধারা লমদাংদা থুং থারম্বগী রাক দি ইখেং খংনদে। হৌজিক ঐখোয়গী লৈবাক অসিগী মায়চৌ থরগী রাক্ষমলোমদা চঙ'শরগে।

কাসারেন লাইয়ংথৌ পে ইরৈ খান চাউবা লাইগী শংম্মাং মরিবনা খোগা কৌনা পে'ক্রমগনি: থক'য় ইমাইবনা নিংথৌজম কিয়াম্বা, অতেংম খুনমাব কৌনা পোক্লররগ মমাইবা খিকনম কোই-নম্বনা রাংংবা খোরি নোংশাবা কৌন পোকও। য়াইবী তোমৌ লৈমনা কোজেংবম থাকি কৌনা পোকও। কুকম কোয়বনা লাজোন্দা নাউপুহুনা লুখোয় কৌনম্নগে। (খিরেল লায়াৎ লাঃ ১/২) বাকম অসি মৈদিংঙু খোংতেকচা থুঃ চহী ৭৬৩ দগী ৭৭৩ ফ'ওবদা পানখিবা ইনিংথৌগী মতুংদা ওইরগদবা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা কাওবগদবা মায়চৌশিংগী রারোল পল্লি। অসিগুম্বা মায়চৌশিং অসিগী মমা মপা অশেংবা হৌকম তাক্লমদে অম্বম্বা মতম মতমদুগী নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা শক্তি লৈরবা মায়চৌশিংগা নিংথৌগা য়াম্না লোন্দনা লৈবাক্কী অশোয় অওাম, অক ফত ওংক শেন্দুনা লৈবাক মরা তপ্প। পামরকখি।

খৃঃগী শতাব্দী ১৫৯৭ তগী ১৬৫২ ফাওবদা দৈতৈ লৈবাক অসিদা পানখিবা খৈদিংঙু খাগেম্বগী সনা হাক্তক্তা অপোইমচা, ফনক খেঙ্গী

সলাম সনা, য়ুম্লাম তেনবা, থাইদেম তেম্বা, মায়চৌ ৫গী মতিক্লা শিদয়েন নাদয়েন তাকখিবগী য়াকম শিংখল লাংহৈদা ময়েক শেংনা তাক্লি।

লাইখিংথো খাগেম্বন অপোইমচ', মায়চৌ য়েংলপা চংজরকএ। হে অপোই মায়চৌও। নঙনা শিদবা নাদবা য়াইবু ময়ম থঙএ হায়এ। ময়ম অসিবু নিংথৌ ঐহোক্লন্সু খর তাকপিঙমও। অস্নুম নিজয়বদা অপোইমচানা হে লাইখিংথৌও ঐদি হৈহেত্তে। শিদ নাদয়েনগী মমিং হায়বদি কে'নোক থেঙ্গ'নে, সলাম সনানে, য়ুম্লাম তোনবনে, থাইদেম তেম্ব'ন ঐখে য় ৫ মানা তিনশিন্দুনা হায়গদনে। অস্নুম হায়রবদা কোংোক থেঙ্গানে, সাল'ম সন নে থাইদেম তেম্বনে, য়ুম্লাম তোনবনে মাখে'য় ৪ মাবু নি থৌনা পাউ থ'রগী কৌহল্লুইএ। লাইনিংথৌ খাগেম্বন হায়এ' হে মকোই লাইনিংশিংবা নখোয় ৫ মানা তিনশিল্লবনিকিনা নিংথৌ ঐবু শিদ ন.দ যিংবু তাকপিঙামও। সলাম সনানা খুংএ। লাই'য়ংথৌ অতুদি হ'য়হৈদে হায়গুনো। ইখোয় ৫ ম'বু যাংনা নিংথৌ নংগী কম্ব লবু করম ফয়সিবনো। নতে স্মাদি কম্বস্নুং হংনা হায়রে। শিদনা মাগী মকমনে অস্নুম হায়এ। অস্নুম হায়বু নিংথৌনা কয়া তকচিল্লবগী মায়চৌ ৫ মানা তাকপিরে। করে হে নিংথৌও। ত'ক্লক। অস্নুম হেক তক্লকপদা সলাম সনাদি কংলাকী নে'হুমশঙগী খাংঙেল উচলবু নাম্বে কতুনা ত'কক্লবগা নন্দুনা শিরে। অস্নুম তোঙৈ লাঙোল চৌংশারোমতাগী শানবা কৈরেল অচৌবনা চেম্থোক্লক্তুনা লম্বী চৎপা মীশুং, কংলা শঙবা মীশুং ৫ মাবু শোকলে। লোক্লাউ পুং মোইরাংখোম লমকী মীশুং শোকলে। কোহুংগী নিংথেমচুপী ৭ সুং য়ম্বা মঙাইলাক লকুং লয়না থাগে, হেপু ঙাইব' লাবএ। ফিপুল লয়না থাকে হায়না থোক্লকপাপু কৈনা শোকলে অস্নুম কৈপাউ তারগা নিংথেম খাগেম্বনা পুকনিং মতৌ তক্লবদা য়াম্ন সুংবংলে। ঐদি শিদবা যিংথৈবু কংগবদা হায়ন হয়াউ থোইক্লুইএ। করমনো? থৌরম কম্ববু থোকলে হায়গুনা

অপোইমচাদা হায়এ— হে কুরু মায়চৌ! নঙনা থৌরম ফঙবনু থোকহললে। অমুম বল্লাউমথৈ লৈতরবগী মগাদগী মনিং ( মথুল ) কাওনা ছুইতেম্না লেংঙনা শিহল্লে। সনা কৈথেলদা পুথোকলে। লৈবাক পুম্নমকপু য়েংহল্লগ লাংজালদা চুনথোক্লে। মতৌ অসি উরবদা য়ুম্নাম ভোনববনা হায়এ। হে নিংথৌও! রাবম অমা হায়গে— মপুক মচুংগী থোয়তৌনা উয়েল ওইবা হৌবা রনে। রারম হায়-গে ভারো— অসুম হ য়মুনা নিংথৈ অমা শোনবিয়ে। থাগেম্বগী থোয়-দৌদা উয়েল শৌরে। মতম অতুদা কোনোক লেঙ্গানা হায়এ। হে নিংথৌও! ঐস্মুং মিংথৈ অমা হয়গে অস্মুম হায়রুনা মিংথৈ অমা শোললে। মিংথৈ অতুবু নিংথৌনা ৭ লক শোল্লবদা থাইদেম ভেম্বানা অমুক হায়রকএ। হে নিংথৌও! পঙনা হায়বা য়াদে। মিংথৈ অসি শোল্লগা ইথোয় ৫ মানা তিন্নরুনা লুরাং নোংচুমশঙদা শিঙ থনবগুম থম্না হায়গদনে। অসুম হায়রগা অপোইমচাবু শিদ নাদা-য়েনগী মিংথৈ শোন্দুনা হিংহললে। কৈনা লম্বীদা শোকপা মী পুম্বা ফিংলে। পাউত্র তাবদা নিংথৌনা— মায়চৌনা হিংলবদি থুনা কো-থংলুরে হায়রুনা মী থারে। শিরিবা মী পুম্নমুং হিংহলও হায়রবদা কংলা শঙবম্মুং সলাম সনাবু নিংথেমমুবীস্মুং লাইকোকলে। অসুম তৌরবদা নিংথৌ মপুক হরাউকরে। অসি মতুং মায়চৌ ৫ মাগী মফমদা নিংথৌনা হায়জখিএ--- হে মায়চৌশ! রারগ পুম্নমা অসি থুনা ভাজনিংলে হ য়রবদা মায়চৌ মথোয় ৫ মা লুরাং নোংস্মুমশঙদা চংলে। নিংথৌমু ফমলে। অতুগা মায়চৌ ৫ মানা হায়খি। ঐথোয় ৫ মাগী লৈকম হায়রক্লগে। থেঙ্গানা হ.য়এ - ঐগী ইফমদি তুম্বীদনে। ঊশিং মমুং অরুবদা থমও। মিংথৈ হায়রগে হায়দুনা মিংথৈ ভাক-পিরে অতুগা নিংথৌদা হে নিংথৌও। নহাক্তি মপোক ও লক শুনা নিংথৌ ওইনা পোকও। অসিদি শিঙথল কৌবনে অস্নুম ভাক্লমলে।

মথংদা অপোইমচানা হায়এ— হে নিংথৌও। ঐস্নুং শিদবা মিংথৈবু হায়রগে— ঐগী ইকমদি নুঙোয়বাবু থোইবা লৈতে অহুদনে হায়রকুনা মিংথৈ তাকপিরে। অহুগা হে নিংথৌও! নপোক ও লক নিংথৌ ওইরে— নপুক চেৎলে হায়রে।

মথংদা যুম্নাম তোনবনা হায়এ হে নিংথৌও! ঐস্নু শিদবা রাম্মদো হ য়রগে ঐগী ইকমদি তেংগৈ খাদনে। অস্নুম হায়রবগা শিদবা মিংথৈ তাকপিরে।

মথংদা অমুক— থাইদেম তেংবনা হায়— হে নিংথৌও। ঐস্নুং শিদবা মিংথৈদুবু হায়রগে— নপুক ভগ্ন তারা। অস্নুমনা শিদবা মিংথৈবু তাক্লকলে! অহুগা ঐগী ইকমদি শিঙজা পৈদনে অস্নুম তাকলে।

মথংদা সলাম সনানা হাংখিএ— হে নিংথৌও! ঐস্নুং হায়রগে তারো— ঐগী ইকমদি য়াইঙং ইংথোলদনে। অস্নুম হায়রবগা শিদবা মিংথৈবু তাকপিরে।

মতুংদা মায়চৌ ৫ মাগী মিংথৈ অসিবু ইরাং পোংয়াও শুনা হংপুনা শোল্লবদি লাকম হেনবনে অতুনা মাসিবু লাংলেন কৌএ অগ্নমা তারক্নগী রারোল মযেকশেংনা ইরি। তৌরিবসিমক তান্ত্রিকী সাধনাগী শাগোম্নবা ল ইনিঙ শক্তি শীজিন্নবগী রাকমনি। মথক্কী পঙ্গরিবা মায়চৌশিংগী রারোলশিং অসি শিংথল ল ২৭ কৌবা পুয়াগী রারে লনি। মায়চৌশি না নিংথৌ অসদা পাংরিবা শিদবা মিংথৈদি মফম অজিদা পনবদা মতাং চাদবনা পঙ্গদরে। মপেয়শিং অসিনা লাংওন অমুক তৌরকপগী রাফমদা চথজরগে।

মতুংদা মায়চৌ ৫ মক অসিনা মৈদিংগু খাগেম্বপী মতুংদা খুঙ্গাউং বা, মথংদা চয়াইরোংবা অহুগী মতুংদা নিংথেম পামৈহেবানা পান্নবদা অপোইমচানা লোয়েম্বম খোংনাংথাবা, সলাম সনানা নিংঙোম্বা অকোং থাইদেম তেম্বনা য়াম্বেম কোগাক, যুম্নাব তোনবনা লাঙ্গোল লুখোই,

তাকপগুম তাকখিগ্রে—থেঙ্গ্না শাইওনকপদি "ন"না হৌগনি অতৈনা "প" না "ব" না "দ" না মথং মথং চৌগনি খায়বগী রাফম লায়ৈ লাথুপ লাংওন লাংদাইদা ইরি।

অরোইবদা লাংওন তৌরিবা ম'য়চৌশিংগী মরমদা থরদংগা হেয়া কুপ্পা খীজিনবগী অচৌবা খোদাং লৌরবদি মসিতনা অচৌবা থবক অমা ওইগনি খল্লি।

---

# উমংলাই খুন্থোক

থুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ।

১। অরাং শেকমাইদাঃ—কৌক্রু, লৈমরেন, কৌপু, লোইয়ারাকপা, নুংথেল্লৈমা, ঈকোপ নিংথৌ, ঈরেম ওাইবী লৈম, নোংপোক নিংথৌ প্যান্থোইবী, কালিকা, শরাং হিকোক, খানা চাউবা লাই ওয়ানিথোই অসি অরাং শেকমাইদা লৈ।

২। অরাং কৈকুমঃ—কৌক্রু. কৌপু, লোয়য়ারাকপা, নুংথেল লৈমা লাই সরী অসি লৈ।

৩। কাঙ্জো খুন্দঃ—লোকলৈমা লৈ।

৪। খুরুখুন্দঃ—ইংখেন লাইরেম্মা, ইচুম লৈমা, লৈপাক লৈমা কৌক্রু, ঈশিং চাইবা, নিংনাং শাকবী, চনিং নিংথৌ লাই তরেৎ অসি লৈ।

৫। লোইভাং খুল্লেন্দাঃ—শন্দুম নিংথৌ, ভক্বা লাইরেম্মা লাই অনি অসি লৈ।

৬। লে'ইতাং খুনৌ, লোইতাং লৈকিফবীদা:— কৌক্রু, কৌমু, লোয়য়ারাকপা নু'থেল্লৈমা লাই মরি অসি লৈ।

৭। কৌক্রুক (কৌক্রুক) খুন্দা:— কোবা পাখং, লোয়য়ারাকপা ঈরোক লৈমা, ত ইরোংঙানবী, কৈরা, কৈরাবী, পাখংবা লাই তরেং লৈ।

৮। কদাংবন্দা খুন্দা:— থুমখোং ল'ইরেম্মা, চীংলাই লৈমা, চেংবা লৈমা, ঙাহৈম ফৌওইবী, লৈমা ঙয়াইমু, তুবী চীংলাই লৈমা লাই তরেৎ অসি লৈ।

৯। লাইরেন শজিক খুন্দা:— কৌক্রু, কৌমু, লোয়য়ালাকপা, নুংথেল লৈমা, লাইরেন পোকপা লাই মঙা অসি লৈ।

১০। শেঙম চিরাং খুন্দা:— কৌক্রু, লোয়য়ারাকপা, কৌমু, নুংথেল্লৈমা, লাই মরি অসি লৈ।

১১। ফুগলৌ কৈরোই খুন্দা:— কৌক্রু, কৌমু, লোয়য়ারাকপা, নুংথেল্লৈমা, পাখংবা লাই মঙা অসি লৈ।

১২। ফুমলৌ শিকাই খুন্দা:—কৌক্রু, কৌমু, লোয়য়ারাকপা, নুংথেল্লৈমা, পাখংবা লাই মঙা অসি লৈ।

১৩। ময়াংলাংজিং খুন্দা— কৌক্রু, কৌমু, লোয়য়ারাকপা, নুংথেললৈমা, মৈপোকপা, ময়াংঙম্বা লাই তরুক অসি লৈ।

১৪। ক্বা সিফাই খুন্দা:—কৌক্রু, কৌমু, নুংথেল লৈমা, লোয়য়ারাকপা, লাই মরী অসি লৈ।

১৫। অখাম খুন্দা:— থমলাংবা, থাংজেকমু অপানবী লাই অমি লৈ।

১৬। লমখাং খুন্দা:—ঈশিং চাইবা, থয়াল লাইরেম্মা, পুথিবা খুনবু লৈমা লাই মরী অসি লৈ।

১৭। লথাল খুন্দা:— কৌক্রু, কৌমু, লোয়য়ারাকপা, নুংথেল লৈমা লাই মরী অসি লৈ।

১৮। তৈরা উমংক খুন্দাঃ— কৌওইবী লৈ।

১৯। লমলোইজৈ খুন্দাঃ— কৌওইবী লৈ।

২০। চকপা ফায়েং খুন্দাঃ— অয়াং নিংথৌ, কৌক্রু, কৌম্বু, লৌয়ারাকপা, নুংথেল লৈবা, লাই অসি লৈ।

২১ তাইরেনপোকপী লৈময়াম খুন্দাঃ— কৌক্রু, কৌম্বু, লোয়য়ারাকপা, নুংথেললৈবা, লাই মরী অসি লৈ।

২২। পলংশোই খুন্দাঃ— হাওরৈমা অমা লৈ।

২৩। হাওজোংবন্দা খুন্দাঃ— কৌক্রু, কৌম্বু, লোয়য়ারাকপা, নুংথেললৈবা লাই মরী অসি লৈ।

২৪। লাইরেম খুন্দা; অতোম খুন্দঃ— খুল অনি অসিদা য়াওমাদা লাইরেম্মা অমা লৈ।

২৫। শনশেনবম খুন্দাঃ—কৌক্রু, থাবা, পাম্হৌবা, কৌম্বু লাই মরী অসি লৈ।

২৬। হৈবোং পোকপী খুন্দাঃ— কৌক্রু, কৌম্বু, লোয়য়ারাকপা, নুংথেল লৈবা লাই মরী অসি লৈ।

২৭। লাইরেনকাবী খুন্দাঃ— কৌক্রু, কৌম্বু লোয়য়ারাকপা, নুংথেললৈবা লাই মরী অসি লৈ।

২৮। হাওরং হৈরেন্দাঃ—কৌক্রু, কৌম্বু, লোয়য়ারাকপ, নুংথেল লৈবা লাই মরী অসি লৈ।

২৯। হাওরং শাবন্দা খুন্দাঃ— কৌক্রু, কৌম্বু, লাইয়ারাকপা, নুংথেল লৈবা লাই মরী অসি লৈ।

৩০। থাওরোইজম খুন্দাঃ— য়ুমজাও লাইরেম্মা, পখংবা, লাই অনি অসি লৈ।

৩১। তাউথোং খুন্দাঃ— পুথিবা, খুনবু লৈবা লাই অনি অসি অসি লৈ।

৩২। লমদেং খুন্দাঃ— লাইখুরেম্বী, লাইনিংথৌ ইবুংঙো পোইং

ৱৈভোন, পোইনাউভা, লৈনাউভাবী লাই অসি লৈ।

৩৩। ললি শাবন খুন্দাঃ— খুমন, লাইনিংথৌ লাই অসি লৈ।

৩৪। কমেং খুন্দাঃ— কৌব্রু, কৌমু, লোয়য়ারাকপা, নুংথেল লৈমা, লৈমানোংমুব নিংথৌ লাই মণ্ডা অসি লৈ।

৩৫। উকাশোই খুন্দাঃ— খৱোবী লাই অমা লৈ।

৩৬। খাব্রন খুন্দঃ- খাবা লুরাং পোকপা, লুরাং লৈমা, শনশেন্নহা, ভুবী লৈমা লাই মরী অসি লৈ।

৩৭। খোঙজামপাৎ মন্ত্রা লৈকাই খুন্দাঃ— লুরাংপোকপা, পোইৱৈভোন, শনশেনব, লুরাং লৈমা, লিকলা লৈমা লাই মণ্ডা অসি লৈ।

৩৮। খোঙজামপাৎ খুলেন্দাঃ— কৌব্রু, কৌমু, লোয়য়ারাকপা, নুংথেল লৈমা, খোঙজা লাই মণ্ডা অসি লৈ।

৩৯। ফৈফিজা খুন্দাঃ— মিমু লৈমা অমা লৈ।

৪০। ভেন্দাংয়ান খুন্দাঃ— হওঙেল লাইরেম্মা, নোংপোক নিংথৌ লাই অনি অসি লৈ।

৪১। মহারাবী খুন্দাঃ— লাইরেম্মা খেঙপাংবী অমা লৈ।

৪২। লৈকিম্বী খুন্দঃ— খোম্বী লৈমা অমা লৈ।

৪৩। চিরিক খুন্দঃ--- লাইনিংথৌ অচিন মনাউ লৈ।

৪৪। তিজিঙ্গ খুন্দাঃ— কৌবা, কৌমু, ভোলোংখোম্বা, নুংথেল লৈমা লাই মরী অসি লৈ।

৪৫। পোংশংবম খুন্দাঃ— কৌব্রু, কৌমু, লোয়য়ারাকপা, নুংথেল লৈমা লাই মরী অসি লৈ।

৪৬। খোরিফি পোংশংবম খুন্দাঃ— কৌব্রু, কৌমু, লোয়য়ারাকপা, মুজা লৈমা লাই মরী অসি লৈ।

৪৭। কৈকোন খুল, নীলকুথি, কোইরেঙ্গৈ অহুম অসিদাঃ— পাখংবা, লাইসনা, অনি অসি লৈ।

৪৮। মাইবা খুন্দা:— পাক্সাইবী, নোংপোক নিংথৌ লাই অনি অসি লৈ।

৪৯। মোংজম খুন্দা:— পাক্সাইবী, নোংপোক নিংথৌ লাই অনি অসি লৈ।

৫০। অচানবী খুন্দা:— মার্জিং, খুললৈমা, তোলোংখোম্বা, নুঙ্গা লৈমা লাই মরী অসি লৈ।

৫১। হৈঙাং খুন্দা:— মার্জিং, খুললৈমা, তোলোংখোম্বা, নুঙ্গা-লৈমা লাই মরী অসি লৈ।

৫২। অহল্লুপ্তা:— মার্জিং, খুললৈম, তোলোংখোম্ব, নুঙ্গালৈমা লাই মরী অসি লৈ।

৫৩। খাবম খুন্দ:— মার্জিং, তোলোংখোম্বা, খুললৈমা, নুঙ্গা লৈমা লাই মরী অসি লৈ।

৫৪। লুরাংশংবম খুন্দা:— লুরাং পোকপা, শলশেন হনবা, লুরাং লৈমনে মনৌ ইবেম্মনে মরী অসি লৈ।

৫৫। লম্লোঙ্গৈ খুন্দা:— কৌওইবা অমা লৈ।

৫৬। কাইরং খুন্দা:— নোংপোক নিংথৌ, মার্জিং, খুনলৈমা, নিংনাং শাকবী মরী অসি লৈ।

( মথক্তা ইজরিবা লাইশিং অসি পুরাদা ইদুনা লৈরম্মদগী ফোংদোকচবনি। অনৌবা লিখৎপা লাইশিংদি য়াওরমদবা য়াই। চানবিহুনা কনা কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা নৌনা লিংখৎখিবা লাইনচিংবা হাপচিনবিনিংবা য়াওরবদি য়াগী য়াথোং ১দি লিংখৎখিবা তারিখনচিংবা মরম কুপ্পা ইবিরকউ। মথক্তা ইজরিবা অসিদম্ভু চিথবা য়াওরম্লবম্ভু মরমগা লোয়ননা [illegible] মথংগী খুৎনমদা হাপচিনজগনি। মথং মথং [illegible] ১/১০ [illegible] )।




লোইরবা

